নোংমাই মমাতোনদা সাংপা। থুমন মপাক্তেংনমা য়েনবা। নিংথৌ মরোল ওস্নুবা কংলা রায়েন হনববু। অসাইঙৈগী। কংলা কানথাম্নুংগী খোইমোম লাইওইখিবমা। তাংজা মকোক কাং লিনলা কোংনা য়েংবরাগী। নিংথৌ পুন্সি কৌ। নৈমা পুনসি মাং। চহি কুমসিং য়ামদনা। কোম্বৌ নোঙাখিএ। চৌওং পন্দন য়াম্লবগী। নোংয়াই মনিন নাইবদি। লাইজা য়িঙ্গুং পংঙুম। উনবী সেনলোই নিক। ময়ুম সেমলোই তেংথানা সঙ্গাইপু মাকোন কৌএ। সঙ্গাই মাকোন তেকলে। নিংথৌ কোকপান্নুগ। খোইমোম লাইওইখিরে। অঙুনোংগীবু কোকপা য়াকোনতেক ও কৌয়ে। নোংয়াই ১রক থাথা হৌ। থুমন লাইথা তিমনা। মাতানথিএ। নোংয়াই য়ুমনিঙ য়ুমমাঙ। হুইঙ্গাও খোংথিম মনিন নাইবনা। অদোম য়িপুংয়াই অসিবু। নোংয়াই রায়েন সোইকরোইএ। অদোন কোকপা নিংথৌবগী। পলেম পি মচা। পম্বৌ পা মচা। কনা নৈবনো। হায়না পাওহংলবদা। পলেম মমা। নোংয়াই থুনম নৈমা। পাইমা লিনকোইগী। থমলাং অতোনববা। নোংয়াই কোকপা নিংথৌবু। অদোম রায়েন সোয়রে। হায়মা রাওইখোনগী। নোংয়াই রায়োংনা। অদোম র'চাওনববু সোংকিরাগী। অরাং লাইনা পাংবরম। চৌংদাই থাম্নিংবা থানিং-মনাক। চিনথা পোলাং মসাইকোম্দা। সানথুপথিএ। মনেংয়াই। থুমন নৈমা মপারী। অতোনববু নৈবমে। নম্নু অরাং পোক্টৈমে। মৈক্তৈ নিংথৌ নৈতেংঙ লাইবেম অয়াংবা। নিংথৌ ম্না মখোংথাদা। নোংয়াই য়াইরাংচান। মাওমৌ অচওয়াই। মামথী লাখোময়াই।

ক্ষমাল হাংলে। নদাইরেম অদোম য়াইথিংবনু। লাইরেল সান লংখাংখাদা। য়া গোইরিএ। হায়। নোংমাই থুমন নিংথৌমু ওইনগে। হাইনা পুরুম্নবগী। লাইরেল মৈখোংঙ্না। য়িদাইরেম অদোম য়াইথিংবা ও। নোংমাই নপুংয়াইদা। নিংথৌকম্বাল হাংকরোই। নোংয়াই নপারাই। থুমন নপুম্বাই। থোকাওদনা। য়াওবো সাজোম লাং কাংজিন লমতা নৈমু তুংথংনা। মানলং চৈরোইমনা। নোংয়াই লমমাবী। থুমন লমমাইহনবী। হুইজোক লাংবা নিংথৌচম্ম। থুমলাং মরৈকাবীদা। কোসোয় সিমপাননা। লাংচৈসিন্দমনবন লোকীপায় কুমকাওহানে। নোংমাই পারি তং থুমন পুবী কাওনম্নেমে। নোংয়াই নপুংমাইদা থুনকুমথি ও। কান্না থোইচ মশিরবদা। অদোম য়াইথিংবা। মুংনাং উসোমবনা পাওমজনকএ। লাইমেন কোবৌ য়িনিংথৌ ও। নদাইরেম ঐমু হয়েং পোইরৈ চাদোম্না থোকাওদমবা। ফুবী নথৌজানমু। কোলোই মিমিং মাংদনবা। থৌমু মুংখিনজগে। লাইরেল মৈদিংঙু নহেমু। কোসেই নমিং মাংদনবা। থৌমু লেপ্পাখিনবী ও। হাইনা পুরুমজরবগী। লাইরেল মৈদিংঙু না। থৌজাল মায়োকনা পাওমেল খিএ। নোংয়াই থুমন নিংথৌ। অদোম য়াইথিংব ও। নাদাইরেম নোংয়াই য়োইথোমচাবু। মরিংখুনবা রোককী। থৌমু মুংবু পুহলমু ও। য়িদাইরেম বাংঙম নাকা। কেন্দাংচাম্বা নওদি। অরং কৌবা লমমাহম। লোকলেন রানথুনোককী। থৌমু মুংবু পুরু ও। হায়না থোসিরবগী। মদাইরেনসিংনা থৌমু মুংবু পুরমে। লাসোয় মদাইবা। রাংখৈ পনমরুদা। জোকমু নৈতম কেমনা। লাসোয়

পুংমা থোরে। ৭ঙান্দম নাইদবা। সেনচা ও পানশোক থোক্নবা। লাংবন নোংলেন চল্লবা। সেনজা ও পানলোংবনু। খাগা থানা। সিংনাং ভোনথপ লৌ। নোংয়াই মরেপ তমনা। লাইরেল অয়ংপা মুংনা থক্কা থোননা। থৌহ্ মুংবু থিল্লময়ে। অচুনোংগীবু। থৌহ্ মুংথিনপুং ও কৌববু পোইরৈ তাবা থিবনা। রাংথৈ লিকথুমপুং ও। থোননৈএ। লাইরেন মৈতেংও অয়ংবা। মরি চোংবদা। অদোন য়াইথিংবনা বাকৎচখিএ। হয়েং পোইরৈ চাদোননা। কাওবিপনো হায়না রাম্রেপনমমএ। অচুনোংগীবু মৈদিংও অরাংবা রাম্রেপপুং ও। তৌনা কৌয়ে। অদোন য়াইথিংবা। মুংমা উৎসোনবদি। রাকরৈ থোংওইনমা। নোংয়াই মপুংয়াইবু য়িন্দানখিরবদা। মদাইরেম তোংচেং নাওমৈগী। খুমু মৌচাওম্নবা। হাওমিবদি পোইরৈ মপন লমবু। মুংশি বাগী। তোংজেং নাওমৈথক্কী চোংথরোএ। নোংয়াই থুমন নিংথৌ অদোম য়াইথিংবনা। য়িদাইরেম হাওবাদ সিবরা হায়না পাওহংবনু। ময়ুম নোংয়াই বাহাইমা সিরববু কুমবা কৌয়ে। অচু নোংগীবু হাওমি পরোৎ কুমিবা ও কৌএ। মদাইরেম হাওমিবদি। লৈকুচোংথানাইবু। ওইরোরে। অচু নোংগীবু। য়িবাং চোংথনাই তুরা মাযকৈ অচনব ও থোননৈএ। নোংয়াই থুমন নিংথৌ। অদোন য়াইথিংবদি। মোংবা থুনলম থিননা। থুনকুমখিরবদা। লানলোই মদাইমা। লৈরাই মুংখি থক্কা। পুংলেন নমাইরাংমা থোনপময়ে। অচুনোংগীবু। য়াইথিং পুংজাও ও থোননৈএ। অদোন য়াইথিংবদি নোংয়াই লৈকোয়পুংদা বাইথুংলে। হয়রবদা। নোংয়াই মনিন নাইনা ওকৃতম্রবগা। কংলা রাকোংলাক্রা।

সমস্নোক ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। মযুম সেলোই মিকৌনা লংমাই তেংথনবদি সময় খিংখিং কৌএ। সমজিব কায়নৌ কৌএ। নোংবানলোম কায়নৌ সমজিব খোইমোম লাইওবানে বায়বগী চবৈ কিনা য়োমনা নাওয়োকখিএ। অছুনোংগীবু নোংপালনোন কাইমৌবৌ সমস্নোক ও তৌমা কৌয়ে। নোংপালনোন কায়নৌবী সময়োকতি সেলোই মাপকমা লংমাই চীওসামাবু। অসৈ লমনেম সকপা চমু। পাইমা লিমকে য়গী।

২৪. নোংয়াই খুমন নিংথৌ। অতোন থোংপু সমুক নুচা ও কৌএ। থোংপু সমুকনুচা কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাছামনোং মযুরা চীওথোং পোইবৈতোননা মালেম খুনকাওতৈদা নোংয়াই অমন কৈয়কাম্পুংগী। থেংলেন মাতৈ কাং। চারা মথোং হাংমা মালেম খুনকাওরকপা সনবু। কাওরেম য়াম্না হাথাএ। মামবী য়াম্না হাকোকএ। কাওরেম সমচললে। সমুক কোনবু। থানা নাওয়োকএ। অছুনোংগীবু থোংপু সমুকনুচা ও তৌনা কৌএ। অতোম থোংপু সমুকনুচা। থয়াং ম থীমন্দি। হাওবৈ নোংচুপলা পাংবরম। নোংয়াই হাওবা কোকথোং। খুমন তাওইথাংগা। য়াংলা সোথোন মাংয়াইপিননা। কোংয়াং মপুংয়াইদা। অদোন মথি নাইনা। থৌসাথবদি। কোংয়াং মপুং তাকলে। মরাল খুমী মৈমাংচম্না। হুমদাং য়াংলি তৎ। মৈথু নোংলোন কা। হুয়েল য়াইশি মুংনা। পনথেংলে। হুয়েন লামনিংদি। হাওমু তোমসেন লাংমৈমু। সাংতে, লাইমুবীবু। কাইনা হুনলে। অছুনোংগীবু। নোংয়াই খুমন নিংথৌ। সমুকনুচা। হাওমু তোমসেন

লাংমৈন্থ। সংতে ঙাইদুরীবু। কাইনজুমব ও তৌনা কৌএ। অতোন খোংপু সমুকলুচাদি। কোলোই মিংথোংগীবু চুনবনে।

মবেন নোংয়াই থুমন লৈমা। ঙান্নুয়োল সঙলৈমা থিঙকো-ন্থ ও কৌয়ে। নোংয়াই থুমন লৈমা। সংলৈমা থিঙকোলন্থ ও। কৌবদি কদোনোংগীনো। নাক্ন মথুকৈগী হোনা। হৈরাং অসংলাই। তাওখিং অমুবলাইবু। লাইথুংদে। খোইমোম কোন্নৌ মনোংথোনা লনকুবা। চিংও রাংবা মকাসানা য়োইপিবগী। মনিংসাং লৈময়েপপু কংনা। মগ্য ন্থঘলে ময়েপপু রাইনা। অচাও থুনা লেপকাইএ। সাংন্থ থুনা লমকংএ। চায়বগী। নোংয়াই থুমন লৈমা ঙান্নুয়োল সঙলৈমা ও কৌএ। ঙানবা থুমন নিংথৌচনু। লোইয়েল থুমায়োক। থৌই ন্থংপাকথক্কা। মুংকি লেক্কমমা। কাকং লৈওইমা। লিচৈ তোবানন্থু। লাঙ্লোই মীঙাথোক। লারেন মীন্থুলাংবু। য়েনহৈবা চন্থ। মপাম হুয়েল লাননিগীদি। অসৌ ন্থুংতোংচা। লিনলা চাওজমথাবু। অহোঙ লাললু। তৈমা ন্থংবা চনু। নোং-য়াই থুমন লৈমা সঙলৈমা থিঙকোনন্থু। পাইমা লিনগোইগী।

২৫. নয়ু নোংয়াই থুমন নিংথৌ। অদোন থিঙকো অহনব ও কৌএ। নোংয়াই থিংকোমহনবা কৌবদি কদোনোংগী-নো। পন্থৌমপা সাংমাবা। থোঙপু সমুকচানা। হন্থু ময়াই কান্নবদা মপাব্রিবু থিন্না কোমনা পোকএ হায়বগীদনক। অতোম থিঙকো-মহনব ও তোনা কৌএ। নোংয়াই লৈমাবা। অদোন থিঙকোমহনবদি হাওরৈ নোংপোকলা পাংবরম। রাইরং লম্মল। পাসি তোমবা ও লুয়ান। অঙোম তাইবঙম লোকলু থুন। খোইনৌ লংমৈথেং।

চিঙদা। খৌবম থবদি। পাঙলমারা থুকে নকৈগী। বকারাজা লমজিংবা মপারি মসোম্ রাহাইবা। মায়াঙন অঙনবরু। কাইনা হুলদে। অচুনো গীবু। অতোন থিঙকোন হনবা। মায় থুনলেন চাইবা ও কৌয়ে। নোংয়াই থয়াং মথৌলম চুঙসেল মরালওান্দ অদুমুং মদোমদে। হাওরৈ লাইনা পাংবরম। সায়ান পনমৈথা। মচুতোননা কে ইবারম। তরাওতোননা ভাকপা রাই। থাংজি থিকথোংবা। সারেন য় ইনমবান কোইবরমদা। খোসাবা। রাইমেন লানথাবা। থিংবা থারংবা। থিংবা পূনেম সাফাবরু কাইনা হুলদে। অচুমোংগীবু। নোংয়াই থুমম নিংথৌ। থিংবাই থায়াংবা পুনেম সাফাবরু কাইনা হুনব ও তৌনা কৌঅ। মদাইরেম নোংয়াই হাওচা তৌরেনর ক খোমফবনা। নোংয়াই য়িপুংথৌ অদোম লৈমাবা ও। নদাইয়েম কৈদা তরে মামকৈগীমা লিচৈ তোরাম কেনা হায়। খোঙলেন নাকপক মতাই কাং। সরিকথিং থিং লৈনা হোয়। নোংয়াই থাথা। অদোম লাইথাবা। চরাংহুইমৈককপু য়েনবুনসা। হৈকক নাংরং পোনজেংসা। ওমু তোরা কংনা মোংখামলে। নথেন রাংঙমলোন থোংঙাইথোং মকুবসা। নোংয় ই সাইকু তাইরোংমনবু। পাকলোই লানিতাম। য়াংঙাই য়াংনম সেন। পাইথু লেংহানমা। কাংজন লেংতাইরেবু ভুংথংনা খোকলাং লেংনা খো। সৌদি মামম সু। ককলু সেংসৌন-বা। য়ওথৌ সংচেন কুথবু কংলকএ। লোইদাম কুমসার ও। য়িখুং কৌবা য়েংইরে। চীংথোং য়াহৌরো। হারনা। মদাইয়েম হাওচা। তৌরনরাক খোমকবনা। য়াওহৌনিংথৌ অদোম থিঙকোহনবা। পাসিদাংলোইঙবা য়াংলা চাহৈ মেনবা। পাঙল মায়া থুলেন

কৌএ। নোংয়াই খুমন নৈমা স'নৈমা হ ওয়েন খোংতৌবী পাইমা লিনগোইনী।

২৬. নম্মু নোংয়াই খুমন নিংথৌ। কাংচিন লৈনাও-তাব ও তৌনা কৌএ। অদোম কাংচিন লৈন ও তাব ও কৌবদি কদৌবোংনীবো। নম্মুরা চীংখোং পোইরেন্তোনগী মচারী কাংচন লৈনৌশা মিবু মৈমা রাই তাংনাসমনা নিংখোংকনা। নোংয়াই তানখোং লৈনাই হন্নবীবু। কোনোয় সিনবা না। লাংংই সিমজি-মনা। নোংয় ই অযাংনৈ কংলাদা। লুককোই পানকোইদৈ। লুককোই ননলাই চেননা চিন্নরেবু। নোংয়াই তে খানা যাংনাবু কাংচিন ও কৌয়ে। কাংচিন লমতারৈবু। ফুংদা খানা। লানকোই লমওনা। নাওতু খোং লেন য়িন্না। অয়াংলমযেনংও। য়াং গু কাংচিন লৈনাওতাব ও কৌয়। নোংয়াই লমলেম মদাইমাগুং। কাংচিন লমতাপান ও খোইন্নেএ। ননোংয়াই খুমন নি খো কংচিন লৈনাওতাবা। থরাং মথৌবন্দি। লংওরৈ নোংচুপলাপাংখরম। নমলেম লোইয়া কাংকাযুং। নিংথৌ মুকাংবা মমুমমাক। নোংয়াই নমচনগে হায়বগী। তলনা উতোমথক্তা। নোংয়া কাইয়েংদৈ। পোইরৈ মৈতৈ চিনরাংবা। লোইয়া কাইমু খোববু। পাসন উখোং খাদা। মসম মনা খোমবা। চোংমা নমনা কাংরৌএ। নমফা চোংমা অহনও কৌএ। নোংয়াই খুমন নিংথৌনা লোইয়া কাংকান্নুং নমফা চোংমাহনগী। লমযাই চিমরিংবা কাওবা ও তৌনা কৌয়ে। অতোম কাংচিন লৈনাও তাবদি কোনোয় নিংখোনগীবু চুনবনে।

নোংয়াই থুমন লৈমা। য়ে ইরুমলোম খোংলৈমা ও তৌনা কৌএ। য়োইরুমলোন খোংলৈমা কৌবদি কদৌনোংগীনো। নোংয়াই থিকনেম খোং। হাওজিং নাজিং নামানবী পাওচেনখোংবু খোংলেন মরিন তেংখিএ। মমুম নোংয়াই থুমন লৈমনা। মা য়াইকা হুন। মপা য়াইকা থানা। মেরুম লোপএ। চেংহৌ থারোম সানা। সারে সানৈএ। হাংলৈ মুনৈএ। ১০চেংপুঙ পৈনা। হোঙ্নেমএ। অহুনোংগীবু। নোংয়াই থুমন লৈমা। য়োইরুমলোন খোংলৈম ও তৌনা কৌএ। নোংয়াই থিকনেম খোং। থুমন হাংদৌ অচেনখোং। মরান মাইথিংহকচাওবা। লাককাবমা লেপনা নোংহামখোং। কোরৌ পনচন খোং। কোনথৌ পুমখোমখোংবু খোংলেন মরিন তেংনা হোঙনেম্বী পাইমা লিনকোইগী।

২৭. নমু নোংয়াই থুমন নিংথৌ য়িকোপ লানথাব ও কৌএ। অতোন য়িকোপ লানথাব ও কৌবদি কদৌনোংগীনো হাওবৈ থানা পাংবরম। লমলেন কেনচিকোপ। য়িকোপ লাইপম সোইদা। হুমেন লানতাখিএ। নোংয়াই থুমন নিংথৌ। চৈংথোং থোঙ্গাইবা। কাওরেন মসনচা। তাংবা পামহৈবগা। হুইতাও নিংথৌ। মেনকাবা। কানরেন মসনচা। মানবী লিনকোইগা। কাওরেন হমানা লাইথেংনা। মানবী চিমৈনবু। কাওরেন পামহৈবনা। হামুন চারপাম্বী। লেপতম লৈববু। পামবু হাইবাকুম। হাইতোকলে। কাওরেন মচি কোপলে। চিকোপ ও কৌববু। নোংয়াই হাময়ম তানবম য়িকোপ ও থোননৈএ। লমলেন হৈরেম

মরকসি। কোনয়া থয় তিংপান ও কৌবদি কদোনোংগী নো।। নোংয়াই থুমন নিংথৌ। অতোন পুমসিবা মসানৌ অছোনবা নোংয়াই লোনয়াখনা। য়াওবৌ সানবদা। থুমন লোনয়াহদি। তানলোইয়াম্ন লোনবগী। লুমলেন খম্মবনা। ১০চায়োম্বীদা। বাংলৈ খোমহামনীদংগী। অতোন মপাচাবু। তাংচা য়িকাইকগী পাংম্মা কোনয়া অচনবদা। ১০ চাবুক লাম্না। মদোম ররক ওইন। সিরে। অচুনোংগীবু। হৈরেম মরকসি। কোনপা থৈতিংপান ও তৌনা কোএ। হৈরেম মরাকসি। কোনয়া থৈতিং ান। নোংপোক হাওরংসি লাইমনলংদা হুয়েল লান্দাকথবু। হৈরেম অকাংয়। খুনচান নকুয়াংবু। য়িকোপ লাইকা য়িদা। তনানা কারকএ। অচুনোংগীবু! থোংলৈমচা য়িকোক লাক্ষ ব ও তৌনা কোএ। অতোন থয়ং মথোমস চুংলেন মরানওন্দি। কেকে নোউ-বাং সাংদোন কৈলনাও তাবনা। রাকয়ৈ মৈরোংবা। তোংচেং ল্যমা তোম্বা হিবু সমু খোঙরোইননা। থুমন সংথু লৌতাকপা। তাইকোন লৌসিংবাবু। ফাগে হ য়না হুয়েন লানতারকপাবু। নোংয়াই থুমন নিংখৌ। খোংলৈচা য়িকোপ লানথবনা। নদাইরেম নেংয়াই পুমনা হুপনা। হুয়েল লানতারকপদি। কেকে ল নচাইখোকলে। খোবাল লাইচা য়িরম য়িলনা। হুয়েন লানতানখিববু! ময়ুম কেকে নোউবাংদি। তুংমল লৈমাই মুংবীথকতা। নোংমাই কৌ-কাচাওবু। কৈনা সমন।। রাকয়ৈ মথুনেংপু। তোংচেং নাওরমদা তিবি নারেং লেলনা। রাকয়ৈ হিচিংথওম্বদা। তানকাংলুরে। অদোন থয়াং কোমতাই লোনবসিংনা। কেকে লানরাম ফানা।

মোইরাং লামযাম তুরে। কেকে মখোঙ চেচেননবাসিংদি। থরাই মিরেন পাইনা। ফৌমেন খংপক পুংদা সানথুপলাসিংবু। পোনবী সাজান উরেন পোংচোইবা। ফাওবগুম কারে। লোকতাক লাইচা য়িনা। কুমশা চেনলবদি। লেমলৈ অহুকপা। রানচেং অহুবা। ফাবগুম ফানরে। তাচিং খমতৌবীচা মৈবগুম য়েনরে। ময়ুম ক্ষেগ মোইরাংদি। য়াম্না কুংনা সিরে। হয়েং নোংয়াই চাদোমনা কঙানবা। অতোন নুতাননা নিন্দানববু। নোংয়াই পুংলেন নাগা। তরেন লানবুম মাগা খোলমনএ। অতনোংগীবু। লমলেন কুংবা মিৎপুংয়ামথোক ও কৌএ। নোংয়াই খুমন নিংথৌ। খোংনৈম-চা সাংতোন নৈনাওশালোকতাক লামথারা। নোংয়াই পুংয়াম ঙানফাবা। কেকে মোইরাং নিংথৌ। সাংতোম লৈনাও তাবা। মথংনং কোংচেং হয়নোবা লোকপা ও তৌনা কৌএ। নোংয়াই রাজৈয নিংথৌ। খোংনৈমচা সাংতোম লৈনাও ছদলি। চেংলৌ মকনা চেনবা পুখুং লিননা তানবনে। নোংয়াই খুমন নিংথৌ খুমন রিককপল হুশদি কোলোয় মিংথোংগীবু চুনবনে।

নবেন নোংয়াই খুমন লৈমা। বাংঙমলোন নাওরেমতোন ও কৌএ। বাংঙমলোন নাওরেমতোন কৌবদি কথোংনাংঙীনো। লাইরেল মৈতেংঙু য়াংলো কৈকাবা মমোম। রূপা কেনখাং মরোম য়াম্বীথকুগী। তোননা নোমা কুইএ। হামবগী রাজমলোম নাওরেমতোম ও তৌনা কৌএ। মহু খোংচু নাহা চাহুইপাম্ববু চাথারাক। চৈংবন মৈদা নোংজমলববু। য়িমুমমৈ থকউম থকতা। খিচৌ মমৈ কংলম কংবনা। লানসিং তানবী। তাংখুল হাওকুরেক

ঙাওথোকসাং। অমথুম সাংমাবু কাইনা হুনবী। ৱাঙমলোন মাখৎরেমতোম। চাখা ৱাকচিংঙবী। অমথুম সামা ক্লাবী পাইমা লিমকোইগী।

২৮. নম্মু নোংয়াই খুমন নিংথৌ। থৌবান নিংথৌ। য়োইরাংপোক পুনসিবা। কোলোয় মমিংথোংবু মৈনা রাইনা মিংথোংএ। অতোন পুনসিবা খুরেনচনবা কৌবদি। কুবা লাইমকোল। চিবা উত্তং পোকতা। পানবা হৈ। চিবা হৈহুং। খারেন থোংজি ৩০ মাদা চেনসিনহৈ। তাওচিঙ উনামতানা। ওনম্না সাগি লোয়রবা। পামেল উকা সিংথরবনু। খোইমা লিরেনতোন। লিরেন মাইথমরোং। তাইখোং তবুং চৌজাওবি। থমোইলিতাংমাংনা। লিরেন ঙাংখাই লৌ। সজাই তোনান য়োই। হৈরাং খুমেন চন্না। য়োইয়োই হনলে। হায়দরবা। অচুনোংগীবু। নোংয়াই খুমন নিংথৌ। পুন্সি খুরেন চনবা ও তৌনা কৌএ। অদোন পুন্সি খুরেম চনবদি। হাওরৈ থানা পাবেমন কেকে হাওতাক সনকময়। খুকা চুচুংপোক। মাইতোংপান লাইহোইরম খোকমেক লৈপুংমান। সনচাক পুংকৈরম। য়োইরাং কামুতাখাতা থৌসাথবদি। হয়েম লানমিগীদি। কেকে হেল্ল থমোনচা। য়োইরাং য়াখী সোইমেমববু। কাইনা হনলে। নোংয়াই ৱাকয়ে মথুনেৎ। লৈতাংঙম্বা চোংথু কাবা। মামা পুংলৈ কংবা হিবু। ৱাকয়ে থোঙ্ ওইননা। মদাইরেম খুমন তাওখুচা থুংলোবদা। তোংতোংহিনাওনা। ৱাকয়েমখাংহৌনা। মখান ওন্দেমকপদা। খুনতাম হেমথু কানৈচা। খোইমা ক্রাংপুং তোংবা। হাচুন চাম্না কামনোই

ভানবানা। লৈরাই মুংবীথক্তা পাওশেমন্নমএ। য়ুমুনা অত্তোন পুন্সিং নগুনা হুয়েন লান্দ ক্লবদি। চীঙ্গনা কাপা। সায়ুলৈবাং। তোকপা কাম্বা। লুওক পাইশং। খুরিং খুবাই। মোংমু মোংমেন্ কর্রি ওইবা ১তবু। হৈজরকপনে। তমদা তানা। য়ুমনাও য়েগনাও পোমবী য়াংসং। করি ওইদা ১তবু। ফাজরকপানা। হারনা হুয়েন লান করেসঙবারাগী। নোংয়াই খুমন লিংখৌ। অশোন পুন্সিখনা। তিলদাং ঙখোই সাও। যাইবী মসুংহোনা তিমেং নখুং শনা। খুনজান শেমথু কানাইববু। য়িলগুম মক্কতু পকা; কৈরা মতান পাংবাগা। খিনয়ুমৌএ। তন্দু লানথাবাও কৌয়ে। অদান পুন্সিখদি। থাংয়ি য়াম ৭। লোইমোম কৌ ৭না। য়ুমচিন সা-দানাইনা থোঙনেম্বা। কেকে হেন্নু থাগোনচা। মোইরাং য়ুম্বী সোইংনবগা। খুনচান হৈমথু কানাইচাগা। ২মাবু। কাইনতল্লে। রাম্বনা মিংহোংখিএ। নোংয়াই চুঙসেন মরানগন্দি। অক্সুং মপোমদে। লমলেন কেনচিকোপ য়িকোপ লাইপনসোই। নোংপেক হাওরং স্না লাইমললাংদা। মমুন সেনবী তাইপোং। মনিন মাইবনা। চানা তেংগোল ৭সুনা। তাইপোং লানকারককপদা। কাওরেন ওনাথা। মুয়ুম সনলাওচীংদা। হৈরেম্ লোখমলান। থমলান অচনবদা। সেনবী তেংগোন লিংজবগী। বাংতম লোন পানবা কাবীনা। পাওমেল্লকয়ে। নোংয়াই য়িরমবু খুমন চুম্বারেংপা। মমা অথোং নাতেকপীচা। লোইবু তরাও লম্বুবা। মঙবু লাওও। থাংয়ি উথুম থুবীচা। লৈতাং কোনখৈ অলৈবা। হৈরেম কজেং নাইকাচা পোইথিবা। চকলাই ফানদেংবগী

অত্তোনবনা ওইবিচেক। অদিবু পোমচেং লাইচম্ হান। নোং-
যান মাওথোং চাম্বা চানগোমচেক। পোনবী লেককুবেক
অত্তৌবগী। মরা লেবিকচিনবু। রাক্ লেন তাংমদুংদা। পিসিন
খোমজক চনদা। পোম্বী খুত্তাগ। লৈরাং খয়োম সাবা। লমরোকনরু
ও। লাইরেল য়িপা মৈ'দাংঙুগী। খুমজক্ লাবচেন লৈ। খোংখোং
লানথা লৈবু ওইমাসনো। লাইরেল য়িপা মৈদিংঙুগী খুমজক
লাবচেন লৈ। খোংখোং লানথা লৈবু ওইনসনো। লাইরেল য়িপা
মৈদংঙু নোইমাই খুমোম্বা। কৌবা পাথুপ লেনবা। মরোই খাংচেন
চাইবদা হাইরু ও। সেনবী তাইপোংমদিম মাইবদা। চংদা
তোংগোম পম্বুনা। নোংয়াই মূরথৈ কৈ। খুমন পময়ং পরা।
পনথেংগে তৌজমলকএ লাইরেল য়িপা মৈ'দংঙু। পোইরৈ নংগী
সেমদৈপাক। অদোম পাইরৈপাকনে হুংহেন ভাকনমূপিম ও। থৌ-
রৈ তেংবাংল ও তাঙম লুমবিম ও। মমোম্ তমপা র জমদোম ঐদি।
কোরৌ খোইনা য়েং। রাংমন পাংনা য়েংনা। নোংখোইরে। পিরেম
থকমত্তা। মালেম লৈবা ওননা মিকপলে। নোংয়াই লাংতাকনা।
অদোন লাংকেনমরে। মরেম্ তমপা রাংজমদোম। সময়ই
কোইরেম লানথাবী। লংগোই মরাম্বা কাবীদি। পাইমা হুং-
হাংমনা। উনবী সেরোংনিকসে। লাইরেল য়িপা মৈদিংঙুবু।
হুংরল লালসুমবীর ও। হায়না থৌসিথিএ। মদাইরেম নোংয়াই
মবমবু। খুমন চুম্বারেংবনা। লাইরেল মৈদিংঙু নোইনাই থুমোমবা।
তুবীসনা নখোংখোদা। মংবনী খুজপা। মুকমুলৈত্তোন কোবনা
রাকতকিএ। লাইরেল মৈদিংঙু ইবুংঙুং তাও ও। মমোম্ তমপা
রাজমদোন। মোংয় ই খুমনলৈমা। কোলোয় মপাওমেম। হুংসি

চানা তেংগোন পচাইবা। চোইনৌ সনা কোনম্মিংনবা। লানথম লানথৌয়াংবু। কাইনা ছুনব ও তোমা কৌএ। নোংমাই থুমম নিংথৌ। অদোন পুনসিবগুং। মিকোপ লানথাবা। চাংগ্রং চাংনিং-সিং। পোংগ্রং লাইরবা কাবা। য়িংকোপ্ থোক্কেম থৌব ও কৌএ। নোংয়াই থাবা। লাই থা। হুইতাও। থোংখিন। য়ুমখিনও। হুময়াং। তামা তান্না পানবা পুংনা। থুমলক লাইবা। পনম পনান। মীচু সকপামন্না। পোয়ং সিংকোংবা। খুংচুমীম্ তাকন্না। সমলা তোমচিংবা। চুমুং লাংজা পুনখিবগুম্বা। সারেল মীসুংলাংবু য়েনকৈতবা। লেমকৈ মীঙাথোকপু খাইহৈ হায়খগীদমক। লেমলোই নিংথৌ হায়ৈহৈব ও। তৌমা কৌএ। লেমকৈ নিংথৌ হাইবদি। অহোঙ তানকংলে। চীংমা থেনথেৎলে। থংয়ং য়াম্ পলোইমোম কৌ পনা য়িনচিম তাকসাইতা লাইনা হোংনেম্ব। নোংয়াই থুমল নিংথৌ অদোন পুনসিব ও তোমা কৌরে। অদোন পুনসিবদি কোলোই মিংথোংগীবু চুনবনে।

মথেন নোংয়াই থুমম লৈমা। রাঙমলোম পানবা কাবী ও কৌএ। রাঙমলোম পানব কাবী। কৌবদি কদৌনোংগীনো। পানবা অথৌবা। কৈরেন উমখীসা। সারেন হুপুম্না। য়িরোক লাথৌবা। চৌঙয়া পনকোইবা। সঙ্গু লাকমবা। পানবা কোইনা লংনা লাথৌবা। কাওরেল সমখিবা। কৈরেন য়ুমচংববু। মৈদিংঙু নোইমাই থুমোম্বনা পানবা কৈমুমনুংবা কৈরেন চংনা ফারৌএ। পোইরৈ তেংথানা। কৈবুদি পানব ও কৌএ। পানবা অচংবা অসিবু। য়িমোম তমপা রাঙমলোন্ গী কোলোয় মমিং থোনগে

হায়ন। অমপা রাঙমলোন পানবা কবী ও তোনা কৌএ। রাঙমলোন পানবা ফাবী। লমলেন কৈনকুলো লৌকুচাবু। পানবা নোংয়াই য়াংঙক স। অদোন চাসিলৌবু অমৈনবী। অমপা রাংঙম লোন। খুমন নোংয়াই নৈমা পানবা ফাবী পাইমা লিনকোইগী

২৯: নয়ু নোংয়াই খুমন নিংথৌ। চারোনব ও কৌএ। অদোম চারোনব কৌবদি কদৌনোংগীনো। খুমন তাওখুবা খুংলোবা অদোন মিংথা পাম্বগী। থাংলেন মখুৎতু। ময়া সানওন য়াম্বা। কোরৌ চুমথাং রাংবন ঝুমিংঙাং চীংঙ নোথাং কুপকুমবা। থাংলেম য়াইওইবা কাচং মিংচৎপা। অতোম থাংবৈনৃনা। থাংজাপু য়াইহুইথাং। লোইবী চীঙবুমোইবা। হেমা অমবু থমবা। রাঙ্গোন লোইবা অম পুম্নমাবু খুনঙমথাং। থাংলেন য়াইওইব। লৌক চাওপোকয়াই। সিংজা কোন্থিনবাই। কাওমেন মকুয়াই। অমুম নাইকুয়াই। অদোন মিংথা পাম্বদা রাপুপথাং। থাংলেম য়াইওইববু কোলোয়মনিংথাংবু চারোৎপবু মিংথোংজখিএ। অদু নোংগীবু। নোংয়াই খুমন নিংথৌ। অতোন চারোৎপা কৌববু। অদোন তাফা খিবনা। নোংয়াই খুমন নিংথৌ। অদোন চারোনব ও তোনা কৌএ। নোংয়াই চারোনবদি কোলোয় মিংথোংগীবু হুনবনে।

মবেন নোংয়াই খুমনলৈমা। রাংঙমলোন থিংলাই খুৎমু চপু ও কৌএ। রাংঙমলোন থিংলাই খুৎমু চপু কৌবদি কদৌনোংগীনো। মৈদিংঙু চা লিনবাই মোইমা ওহন মাহন অহনবা। হেরী লিসিং মেনবা। খোইজিং লিপাম চাইবা। মপারী অথিং হৈমাওব ও কৌএ। ময়ু অথি হৈমোংবা মিংবু মৈমা থাইমা। তাংম সমনা

মিংথোংএ। মিংনাই খুৎসু চত্নু কৌবকি। অহুসুং মপোমগে। ৱাংঙম সম্নু মখুৎথোকনবু। লৌরাই চিবা হাকুমএ। সম্নু খুত্তোন শুএ। মোমত্নু শুনা লংলৌ থন। খুদোম চৈনা থনমা। য়াংবী সা সায়েক। থোইবোম লাইবেকপু। য়োইবৈ ভমহৈএ। হায়ুংগীদমক নোংয়াই তাকা থিবনা। ৱাংঙমলোন থোংলোই খুৎশুচত্নু থে হৈএ। নোংয়াই খুমন চৈনা। ৱাংঙমলেন থিংলাই খুৎসু চত্নু পাইমা লিনকোংগী।

৩০. নম্নু নোংয়াই খুমন নিংথৌ। অত্তোন হাওসোম বা ও কৌএ। নোংয়াই য়াওসু ভম্বা কৌবদি কপৌনেংগীনো। মঙুম কেংগ মোইরাং মিংথৌ। থাংজোই স্নংহোৎবা মসাকৌ। কেকে য়াওসুৱাকপা অথৌবনা। নোংয়াই লমকা হাইনা। করাংথেন কাইজ। লোকতাক থি ওনহৈদা। নোংয়াই খুমন ভমলৈ। হায়ুনা পাওমেন ৱাগী। ভনলা মথোই সাওনা। ৱাতা থিংএ। নোংয়াই খুমনা হুপ। অদোম পাকনা তাইনা অহিং য়িম্নুং সোইমাদা। কেকে য়াওসুৱাকপাগী। থাংজা মৈরেকাই। য়াওত্নু খুমত্তোনমাবু। থাজী মৈগী থামা য়াওত্নু চৎলম কানসাং খুমনা পনথেংলে। অত্তুনোংগীবু কোলোয় মিংথোবু। অদোন নোংয়াই খুমন নিংথৌ। থাংজোই য়াওসু ভম্বা ও তৌনা কৌএ। অদোন য়াওসুভমদি। কোলেয় মিংথোংগীবু চুপবনে।

মথেন নোংয়াই খুমন চৈনা। নোংবানলোন তারমসু ও কৌএ। নোংয়াই খুমন চৈনা। মোংবান লোন তারমসু কৌবদি কপৌথোংগীনো। মপান থোংব ন অত্তৌবা। চকপা লমবু ম ওনা

মথোন তোমনা কৌয়ে। অদে'ম খাওৎ খাতাইনা। খুমন লাংতক লাংকেননয়ে। হাইনবমা। নোংমাই খুমন নিংথৌ। লময়াই কাই-খিনবনা। নিংথৌ য়িহাক থকসিদা। তোংলায় ফিমিং মাংলে। হ'য়ুং নোংমাই চাদোমমা কাওদনবা। খুমন স্বদেমা নিয়ুংবা। নোংমেম লাইমা পাংবরমমী। হৈপোক সৌ দিয়ান। লেমথেং পিহৈপোক। বাওমলোম পীয়াথোং। বাকচীং থেনসাবী। লেমথেং হৈথেৎপী। হৈপোক থেম্সা চৌবদা। চৌওথা নাকৃপক সারোম তামমা। মালেম হৈকম লৌ তোকমু হৈতুম কোননা। চৌওয়া থেনখেৎলে। হাওহৈ নোংপোকলা পাংবরম। হৈরি মথোইয়েন হৈথেং মমাই ফোইনা। তাওজিং হৈচাব ই। কোইয়েন লমমাইন। হৈলুং থাক্কক অহৈসবা। বাহি কোকমংচানা। মেম্বী হথাকোন। লমলেম চেংতা বাবাগাই। তলদা লেমতম য়ুং। কোংয়াং থ খা-সা। লোকলৌ পাহৈ সেম। কুবাও পদকায়োন। সাযেন পাকতকমা। বাংহৈল কাকেনবা। হোতনেমএ। হৈযেন মরাই লাংমা। লময়াই কাইখিমখিএ। অহনোংগীবু নোংমাই খুমন নিংথৌ। অতোন লময়াই কাইখিনবা ও তোনা কোএ। অতে ম লময়াই কাইখিনবা। নিংথৌ মহাকথক্কা। মলানৌ নোংমাই খুমন হৈলমা পালি সেবা লাইতাংচম্বুং। কোয়ৌ নোংগাখির-বমী। মুংসি মহৈথ হৈলতনা নোংয়াই লাকতমদনা। অতোন তেম-তমনয়ে। হায়দবমা। নোংয়াই মমাই য়াইমংচান। মাওয়ৌ লাথোম য়াইমুং। অদোম য়াইথিংবা। মুংনাং উসোমবানা। ময়ুম অবাং পোইহৈব মৈহৈত। বাংথে লাকোকপাম্বা মকৌ সায়াই

চেনদি তাপিনবে। অত্তুসুং মদোমদে। বইবা খোংহৌয়ই। হুরেন লাম্মায়াই সৌবোন য়াইরেন মুংচামবসুং। নোংয়াই য়িকোইসেন। খিংখিং লাইকাহোই সরিকসুং। নোংয়াই সানতাকতা অদোন সাক্ষোংদনা। মৈদিংগু নোংয়াই থরানথাবা। লাইরেন সনা মখোংথাদা। খুমন অদোন কৌবা অদোন লৌগনবনা। লেপ্পা কংলুরবগীদমক। নোংয়াই খুমন নিংথৌ। লময়াই কাইগিনবনা। খুমন লেপতমলরোই। অতোন খিনতমদবে হাইনা। অরাং পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ। লাইরেন মৈদিংগু কোংয়াম্বা। তুবী মা মহ কথক্তা। নোংয়াই খুনগারকএ। লাইরেন মৈদিংগু কোংয়াম্বনা। নোংয়াই সেনলৈ নিংথৌবু। অদোন পাইরৈতাইনে হায়না। লাংসং সংলাংচাম। লাঙ্গোই রাইথুংসংদা লেহনলবগী। নোংয়াই খুমন নিংথৌ। অদোন লময়াই কাইখিনবনা। পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ অসিবু। নোংয়াই সেনতাইবু ওইরবসুং। থামংলোবয়াই থাইনা। লাইচা য়িরাই খননা। পানফবনে। নোংয়াই ঐবু অতোনয়িপারাই। খুমন য়িপুরাইনে। নোংয়াই পোকমাবা। খুমন মাংম্নাববু। থাকন হাংথৌলাংপু লাংথোলনে। নোংয়াই অয়াং লমথোকপাবু অয়াং লমলাই তাং লৈকোই য়িরাং সোইরে। নোংকা য়িনা তাম। মুকনি সোইনিরাবু। উসোই য়িরাং সোইরে। লৈতাই নোংদাইববু তাইয়োলনে। মানবী সখোম য়াইতাইদুনা। সৌবোন য়িরাং সোইরে। মাংতুখা য়িরাংতা

মাওতু খোংলেন ভাইনা লোকুমলোকা লাংয়োন্‌পে। য়িরেন তমালেন ভাইবরু ভাইয়োলপে। কুথী কুথালাংপু লাংয়োনলবগী নোংয়াই য়িথমা লাংতকএ। থুমন য়িদোমমা লাংফেননয়ে। হায়না লাইরেপ মৈদিংভু। তুবৌ সনা মখোংখাদা। নোংয়াই সুংসিবা ময়াথং। কোলোয় মতিনমেনবু। মুকমু লৈত্তোন কোম্মা। বাকং-চথিএ. হাগদবরা। লাইরেপ মৈদিংভুনা। থৌপ্পাগ মায়োক্লনা নোংয়াই সেনলৈ নিংথৌ ও। অতোইরৈভাইন হায়গ। লোকলৌ সানা নাওয়োকপীভমএ। হায়দবরা। নোংয়াই থুনন নিংথৌ লময়াই কাইখিনবদা। নিংথৌ কাংবাচমু। চৈরৈ লাইক্লরা। রাংথম লাকহিযোম সাকথীবু মরান মুহোং খোংদোং চাঙনা। অওং অউন ভম। ভয়ম সনাই থাই। কাওয়েন সনয়মপী। চামা পাম্মা সেংনবরু। ময়োই পুমনা সুনা। পিওংলবগা। থ্বাই চাদি হুরাইবা মরৈকাইবু। থাগ সেনদোনপান। লমলেম লোইভাং হা। কংলৈ সয়েকপানদা মরান য়ুমদাকলপে। হায়দরবা। নোংয়াই থুমন নিংথৌ। লয়য়াই কাইখিনবদি। কোলোই মিংথোংগীবু চুনবমে।

নোংয়াই পারারৌ কাওরবা। থুমন পুরারৌ ভংলবসিংবু। রাণী নাতৈথ। সৈও মতা থলনা। সৈসেমজয়থমে। য়িন্নাকমানা পুনসি য়িরানলৈ। অরাং মক লুত্তোংলৈ। পাথং কুমচিং লোমখোং ৫ তানফংলৈ। সুর কুমচিংলোনথোং ৬ বাইচিনলৈ। ফাংগ্রে নেংচিনবা লৈ। য়ুংগ্রে চাইচিনলৈ। চারোন ৫ তানফংলৈ।

সুরে'ন ৬ রাইচিলৈ। ঙুংবান হোংনেম লৈপুমলৈবু। সিংলে ভোংদম পুন। লৈরাং থযোম সানা। লামচিমলমগে। থিরাকমদি থিমাই নোংনেম লাইনপাং। থিমান কৌবা চীংথংলাং। পাংথবমদা ঙনেনা। হযি হয় লাঙনা। কোনচিন লমগে। হয়াহে হায়িচা। হয়া হরি ও। শোক ১৭২৩॥

লৈশরে

—০—

মমল লুপা: - ১৮ ০০

অহানবা নম্বা

লাইরিক মশিং ৬০০ খবতনি

নমবা হৌখিবা

তাং ২২।১২।৮৮ ইং

পোইনুগী ১৪ পানবা শগোলশেন

---

নম্ফমঃ — Ching Tam Press

Uripok Naoremthong Bazar